# অশম্বা কংলৈপাক্কী পূরারী

অইবা ঃ—

শ্রীকাংজুজম রাইস্কুল সিংহ
নিংথৌখোংজম

# অপুনবা কংলৈপাক্কী পুৱারী

—:০:—

অইবা :—

কাংজম য়াইস্কুল সিংহ

নিংথোমথোং ।



মমল লুপা ১০/-

কোওজবা ঃ

হিজম ইনাওবা

Fortune 22-Publication গীদমক শুথাকপা ।

শোক ১৯৯৮ ইং

কপী মশীং — (৫০০)

নম্ফম ঃ

ভি মুখি প্রিন্টিং সেণ্টর

শিংজমৈ কৈথেল নথা ।

# ৱাহৌদোক

মমাংঙৈ অঙাং ওইরিঙৈদা ঐগী ইপা পোকপা ইপুবোক "ৱামো" শিংবু পোকপা ইবুংঙো শ্রীকাংঙুজম "পালা" সিংহ হায়বা অদুনা ইরমই হায়দুনা মল্লবা বোয় অমখক ঐনা পাজরুই। মতুদা মৈদিংঙু "তাওখিঙমাং" কৌবা নিংথৌনা মীতৈ লৈবাক পাল্লমই। নিংথৌ অসিগী সনা হাক্তক্তা মীতৈ লৈবাক্কী তুরেল লুকোই তেংবা (তৌবা) হায়বা ৱারী মতেক থর, অদুগা মৈদিংঙু "লাইরেল নাউযাংবা" সনা হাক্তক্তা লোংচুপ, মনিংলোমদগী পাঙল অমনা লৈবাক অসিদা লাক্লগা মীতৈগী লায়নিং লমচং অমত্তং সনা শঙ্গায় শাবগী ৱারী অদুগা লোয়ননা নিংথৌরেল খরগী ৱারেলসু থেংনজ, মতম অদু ঐনা অঙাং ওইবদগী খবা ভাব তাবা মতম অমা নত্তবনা মখা তানা খঙ্করুবা লৈখিদ, অসুম্না চহি খরা হৌখ্রবগী মতুংদা অৱাবনি ঐখোয়গী ইপামক্তদা তুরেল অচৌবা অসি নিংখায়দুনা ঈশিং অদুনা যুমকৈ (কয়া) ফাওবা ফুক্তলা পুখিবমই।

অদুগী তুংদা ওায়রিবা খুংই লাইরিকশিং অদুদা নংনা হুয়িচক, হয়াচক অমদি খুনুংচক্তা পানখিবা নিংথৌশিংগী ৱারোল লৈবা লোইননা ইমুংগী মাল চাং পুন্নমক ঈশিংনা তাউথোক্লগা মাঙখ্রবনি। মতুং অদুদা লাইরিকশিং অদু অনক হুদা খিনা কংখিদ্রে। অদুগা ঐনা পাজহৌবা মতেক শগ অংদি পুক্লিংদা

কাউথোকপা ঙমদহুনা লৈরকপনা মীতৈ ইপা-ইপুগী বারী ওইবা অমদি নিংথৌশিং অহুগী মতম মতম অহুদা চংনরক্লবা মরম থরদং অসিদি ফোঙদোকচনীংবগী অনৌবা, অকনবা ইনোৎ ঐগী পুক্নিংদা অতৎপা লৈতনা য়েংহনা লৈখিরমই।

মরুদি, লাইরিক অমা ইরুরবদি চাপ্মনা মীৎয়েং চঙলক্কনি হায়রবগী য়াম্না কিজবা অমসুং থরদং পাজহৌবা অংতনসু মপুং ফানা থঙহৌবসু নত্তে, অহুংগা ইশানা লাইরিক হৈবা অমা ওইহুনা হীন্দি, ইংরেজী, বেঙ্গেলিগী অরু-অরুবা লাইরিক পাহুনা থঙবা ঙম্বগী অহুমসু মীৎ তাঙলবা মী অমগা মান্নখিবা মরম্না পুক্নিংদা নীংবা বয়াবু অমত্তা ওইনা অমুক্তদা মাঙখি। অহুম ওইনমক মতম অসিগী হৌরক্লিবা, হৌরক্লিবী মীপুম খুদিংমক্কী পুক্নিংদা ইজাতি অমবু মশক থঙবা পাম্নরকপা খুদম থরদং উৎলকলিবা অসিগী মতেং খজিক ওইনগত্রা হায়না নীংজহুনা "অশম্বা কংলৈপাক্কী পুরারী" কৌবা লাইরিক মচা অসি ইজরুবনি।

মসিদা নিংথৌশিংগী মনিং পল্লম্বা মতম, লৈরম্বা চহি, শোক-তারিখনচিংবা হোংদোকপা অমসুং শেমদোক-শেমজিন য়াদবা নতমগী অরিবা লাইরিক মীতৈ পুরান (পুয়া), মণিপুর ইতিহাস, মৈত্রবাক চংবা অথঙ-অহৈবা অমা ওইনা মাঙ, থানা ইবিরক্লিবা ওঝাশিংগী খোম্থোক থরমখে লৌজরে। মসিগীদমক ঙাকপীলবা মিজরি অমসুং হন্না হয়া থুক্রমজরি।

অরোইবদা ঐনা মরুগুইমা চিংনজবা অমসুং সমাজবু য়াম্না কীজবনা ঈকায় খুম্নবা উচ্চরি, লোয়ননা হায়জগদবদি হৌজিক চৎনরিবা ইরোল, ময়েক অসিনা ইমিং ইবা, পাবা অমুগা ইরকপা লাইরিক পাবতদি থোক্নবা কনা হোৎনজবনা খর খরদং ভমজহৌই। মরম অসিমক্না লাইরিক অসিগী মনুংদা য়াহৈগী অরুম-অয়াং অমসুং বনাম্নচিংবা শোয়রমগনি নীংজে, মসিগীদমক কনাগুম্বা কনাগুম্বী পুকচেল চাউরবা-চাউরবীশিংনা হৈতবননি থনবীগুনা তাকপীরক্নবসু, তুংগী খুৎনম অমদা চুমথোক্নবগীদমক থাগৎচবগা লোয়ননা হরাওনা তরাম-তরাম্না লৌশিংজগনি।

থগাই পুম্নমক্কী :—

**শ্রীকাংঙুজম য়াইস্কুল সিংহ**

নিংথোমথোং।

# য়াওফম তাকপা

**হীরম** **লমায়**

---

# অশংবা কংলৈপাক্কী পুরারী

## অহানবা পন্দুপ্র

### খোইয়ুম ইঙোৌবা পাগ্রংবা অমসুং মহেন্দ্রি লাই অহুম্বা লৈখিবা।

খোইযুম ইঙোৌবনা নোংলেন চীং নোংপোক লৈহৌচীংদা লাই শোররেন লূচিংবা হায়না কৌহুনা নোংপোক মাইগৈ ঙাক্কনা লৈরে। পাগ্রংবনা "লাইতোংলেন অতোংবা" কৌনা হায়বদি মহাকথক্কী লাই অহুম্বা তৌবা ঙম্বা লাংওন্দু লৈখি হায়না মিং থোন্দুনা অরাং মাক্রং লিক্লাই কোঙ্গোল শৌবী ইরেন পার্মশবী "নোংলৈ নিংথৌ শোরারেন" হায়না লম ঙাক্লে। মহেন্দ্রিনা মখা মাইগৈদা খোঙদারক্কনা "থাংহি ঙাওোই চীংদা" মহাক্কী খোংলোয়গা লোয়ননা "লৈকক লৈয়া শোরারেন" হায়না কংলৈ পুংময়োন লৈবাক অসিগী চক ৪ মকী চুকশেল অত্তম ওইনা লৈখিরমই।

মতৌ অহুম্বা লাই অহুম্বা থপপ্রবা মতুংদা, পাগ্রংবগী ম্নুপী অসিনা মাবু তাক্লমদে হায়বগী মবুক্লা তাথিরে (শাউরে) মহাক্লা চীংয়া তময়া কোয়না চত্না থিবদা ফংঙমথিদরে। মতুদা লাইরৈমা অসিনা লাংওন অমা তৌহুনা মহাক্কী চিনব্রুরোন লৈচিক ঙাখী, লৈমা লৈখমলেন, চিংনু লৈমা, হায়নু লৈমা, পিশিনখোম্বী, পিশিননু, পিয়াইনু কৌবী লাইরেম্বী ৭ অসি পুথোক্লনা মহাক্ল।

কংলৈ খ্বদিং কোয়্বনা-চত্তুনা মনিং মখা তন্না ; মখল মখা অয়াম্বা লাংওল শান্নরক্লে। মতুং অতুদা মখোয় ৭ অসিবু মউ চারি থানবা লম্বী শিল্লমলগে হায়তুনা খল্লক্তুনা লাংওল শান্নবা তোকতুনা। মখোয় ৭ অসিগা লোয়ননা লৈবাক অসিগী চীংয়া তময়া কোয়্বনা। চত্তুনা লাংওল ৱারী অপূম্বা তাক্রমলগা, মমিং লৈমা ভারিংহ্ন হাযনা কৌতুনা অমুক কোইজাইনখ্রে।

---

# অনিশুবা পন্দুপ

## মাইকৈ ৮ দা লৈবা লাই ৮ না লাংওল চান্ন শমথবা

১। পাখংবনা গুকশিদবগী হৈনা ভুংইন্না থুপথ্রবা মতুংদা সনা খোংনাং লৈমনা অমুক নোংপোক নিংথৌ অঙাইবগী মফমদা হান্নতুনা মচানিপা বাহুগা, মচানুপী অঙাইৱীগা ২ অসি পোক খিরমই। নোংপোক নিংথৌ অঙাইবা মচা অনি অসিনা লেপ্না কোয়না চৎপা ঙম্লকপা মতমদা হুন্দোক্লগা থুপখ্রে। বাহুনা নিংথৌ ওইতুনা পানবা মতমদা বাহুকা হান্না কৌখি। মোইরাং নিন্দু পানফবগী মচানুপী ৱাঙাঙদবীবু ৱা অহুম্লক ঙাংহন্দুনা লৌখিরমই।

২। অরাং মাইগৈদা— উকোংলেন্না পুকশিখোম্বী পান্নতুনা থ ফমদা মচা পোংলেনখোম্বা পোক্তুনা অরাং মাইগৈগী নিংথৌ ওইত্থনা সুংশাংনা চারগী পান্দাং থারক্লে। অতুগী তুংদা মচন কোতিং লৈমা পোক্তুনা পুংকক চাউরবা মতমদা উকোংলেন লাই ওইত্থনা লৈখিরমই।

৩। মথা মাইগৈদা— থোঙডাইবনা অঙাইবী পান্নতুনা চার মউ লিংলমই। থাকমদা মচা নোংদম অথুবা পোক্তুনা মথংলেংনা শমথখি। মতুং অহুদা মচা মুপী থোঙডাই লৈমা পোক্লম্লগা লাই ওইনা থুপখিরমই।

৪। অরাং হারমদা—চেঙঙানা কোতিং লৈমা পান্নতুনা লংওন চার থাবদি থাকমদা মচা নিপা পোংহনগা মচানুপী চেংলৈমগা ২ অসি পোক্লম্লগা চেঙঙা লাই ওইনা থুপখিরমই।

৫। নোংপোক চিংখৈরোমদা— থরাইনা থোঙডাইবীগা পান্নতুনা মচা নিপা কুপকংবগা, মচানুপী থাবাঙম্বীগা ২ অসি পোক্লম্লগা মফম খংদনা মাংখিরমই।

৬। খা মৈরমদা— য়ুচেংনা চেংলৈমা পান্নতুনা মচানিপা তুকস্বগা, মচানুপী খিংরাইরোইখোম্বীগা য়ুচেংলৈমগা অহুম অসি পোক্লম্লগা কোয়না লমথোক্লমই। মতম অসিদা তেদে অশনবগী মচানিংঙোল তেংমাইনুবু উবদা য়ুচংনা চংলক্তুনা নমথেক নমহায়নবা রাইহনা তেংমাইনুপী পুক্লিং শুমহৎখিরমই। নমজানবা রাঙাংনা খুংম চনবা ওইহনা লীরি খোংজেন ওইঙমখি। মতৌ অসি উবদা চিংঙু ইঙৌবা লাইনা, মতাং অসিদা ঐগী লাংওন অমা শান্নবা শিলহৌরগে থন্দুনা তেংমাইনুপী শিয়োমনুংদা (গর্ভ) দা চিংখিহনা লীরি খোংজেন অহুগী মউ চার ওইনা লৈঙমখি।

তেংমাইনুনা হায়— "ওস্থোকইদা তম্বা নথৌনা লৈ, নপাঙ্গল কল্লি, করি তৌবা ঙমগদগে হায়বঙুম নমজানবা, অসিদি অঙম

অঙম ফাহনা চানবা শা উচেক্কী লমচংপু ঙসি তাইবঙ ঐকোন্দা থোক্লহনা, ঐগী লম্বীবু মাংহনবা অসি, নহাক্না মউ মরু থোকপ্রবনিনা থোইনা অকনবা হায়জরোই। মরম অসিতদি খংনবা হুয়েং লাংবা চহী মতমদা ননাওম্না লমনশিংবা ওইজগে। মতম অইদা লংমু ঙিংথৌ ওইংলো লৈবাক অসিদা পাল্লম্মু। কংলৈ খুবম য়েংবগী লাকপা মতৌগুম লমথোক্লকপা মতমদা মপা মশক খংদবা ঈ অমবু নচা পারি ওইচনা য়মলেপ্পা ওইসনু। য়া অসি তাবদা য়ুইংনা ইকাই নুংশি ফংলহুনা হায়রকই "ইবেম্মা থোকঙম ওইঙমপ্রবনিনা, নংগী য়াথং অঙ মতম অইদা শোয়দনা পুবা ওইজরগে। মাইথুম চরৈ হাংদোক্লনা য়েংলক পদদি য়ুচেং কৌবা লাই মফম অচুমক্তদা অহুম্মক মাঙপ্রে। তেংমাইহুনা য়েংলকপদা লৈরমদবা, হংনিংবা য়া কয়া হংহৌদবা অচুদা নিংবা কায়রম্লনা লৈফম চাফম খঙদবদগী মবুংগী য়ুমদা অমুক খোংদারক্লনা লৈখিরমই।

৭। মোইরাং নিন্দু পানফবা য়ুহানা য়ুচেংলৈমা পান্নবনা মচানিপা হৈরাওবগা, মচাম্পী হাওম্নু লৈমগা পামশবী কৌবী অমগা অঙম পোকই। লাইরেমা পামশবী অসি অঙাং ওই-রিবৈদনি রা ঙাংলমই। পুকৈক চাউরক্লবা মতমদদি য়া ঙাংখিদরে। মীনা ঙাংবদি লোইনা থঙই; থৌদা নোংদম্বা পুম্নমক কায়দনা অত্তুম্মক তৌই। য়ুহানা মচাম্পী অসিনা ওইখিবা থৌরম অসিদা মপুক্কিং অৱাবা লম্বী অমা ওইরহনা, নোংমদি মমাম্নরবশিংবু কৌশিন্দুনা হায়রক্লমই— "ইচাশা নত্তা অসিনা তৌখিবা মতৌ

অসিবু করিনো নখোয় থংলাকপ্রা ? অতাং ওইরিউৈদদি রা ঙাংলম্লগা, য়েংবদা মুংঙাইরক্রবা, কাংদোং ফারক্রবা মতংদনা রা শুকতাং ঙাঙদনা মপা, মমা, ঐখোয়গী পুক্লিং অসিবু অমুক রাহনলিনবু করি মনিং থুংদবননো ? মরম অসি নখোয় খাইনা মঙোন্দা থংননবা তৌনা হংলুপা ইপাগী অরাবা অসি অমুক্তা কোকহল্লু ।" মপাগী রা অহৌ লৌহনা মখোয় ময়াম্না মাগী মপু ক্লিং থুংনবা হোৎনংনা রা অমত্তা ঙাংননবা হোৎনবদা রা ঙাংহনবা ঙমখিদ্রে ।

লাইরৈনা পামশবী মতাশিংনা পুক্লিং উরহনা রাবগী ঙমথৈ লৈখিদ্রে । ইতাশিং অসিনা ঐগী মপোক লাংওল অসি থংবি-দবনিনা মখোয়না ঐবু রারোৎপ্রেদোসে ; খল্লরগা, রাদি ঙাংদনা মখোয়না থংননবা থৌওং অমা উত্তনা পাউথুম পীরক্লমই "চান্নবী ইংগারোই, ঐনা রা ঙাংদ্রিবা অসি ঐগী ইংরাল থোক্তবা নত্তে, মরম অপুণা লোইনা থংই । ঐগী ইপোক অমদা হায়ন-খিবা রাশকগী ঐ রা ঙাংদ্রিবনি । ঐবু রা অহনলক ঙাংহনবা ঙম্না মতাক অহু লাক্লিবা মতম মথৈদি ঐবু রা ঙাংহনবা অহুতদি তাকপিথ্ । নখোয়না ঐবু থাদোকপস্থ তৌবিগন্নু, নখোয় ঙায়গা লৈজরগা অরাবা কয়া থাদোক্তনা, হিংহনা লৈজবা ঙমলিবনি" খুদম অহুদগী পাউতাক অহু ফংলবদা মতাম্রোইশিংগী পুক্লিংদা পেল্লহনা হরাওনখি । রাকম পুন্না মপাদা থংহনখি ।

য়ুহানা মচাগী মরম খংলদুনা লৈবাক খুদিং খংন তানবা পাও চেন্থোক্লনা মফম খুদিংদগী মতিক ঋম কবা মশীং নাইদনা লাক্লনা লাইরেমা পামশবীবু বা ভাংহনবা মরোশিং কন্না কন্না শুথোক্লনা থৌরাংবদা ভাংহনবা ঋমদনুনা মায়থীবা ফংলদুনা হন্নখি। বাকিম অশিগীদমক্তা নোংপোক নিংথৌ বাছুনা পামশবীগী মফমদা লাক্লনা পাউতাক খুদম বারি অমমম লীংনা মারী খুদিংগী বা 'অমুক অমুক ভাংহন্দুনা বাভাং অহুমলক শুদুনা পামশবীবু লৌখি। মতুং অতুদা মবুং হৈরাওবনা নিংথৌ কোতিং-লেনগী মচানুপী সনালেম্বীবু হৈরাং লোঙ্গানরবদগী মাইরেল ফমত্ত্রেংনা 'মাগী খোঙ্গুল লীবদগী মহাক অসি লৈমুং লৈখারোন্দা 'মাংখি।

৮। নোংচুপ মুবালোক লৌকোন শানফতা কোতিংলেম্বা. নোংচুপ চিংয়া নিংথৌ ওইদুনা থিংবাইরোই খোম্বীগা, হাওনু হৈমগা 'অনিমক পান্নদুনা ইবেম্মা থিংবাইরোইখোম্বীনা মচানুগী সনালেম্বী পোকলমই। ইবেম্মা হাওনু লৈমনা মচানিপা পোংথাগা, হৈনাউ পোইগা অনি পোক্লনা নুংঙাইনা পান্নকই। মতম অসিদা মচানুপী সনালেম্বীগী মরমদা লৈবাকী থৌদোক খুদম অচৌবা অমা 'ওইদুনা সনা লৈবাক কংলৈ পুংময়োল হায়ব নিংথোনখিরমই।

# অহিংসগুবা পান্দুপ

## —মাইরেন কমরেং অমসুং তম্ফা খুদোল

পাঞ্চবা মিংথৌনা থংপগ্রবা মতুংদা মৈফুরেন চন্দ্র নিংথৌজম্বী অসিনা মহাক্কগী চিনজুরোন লৈচ্ছিক ঙাক্সবী, মৈমন মৈথনমলেন, চিংন্থু লৈমা, হায়ন্থু মৈমন, পিশিনন্থু, পিশিনথোম্বী, পিয়াইন্থু কৌবী লাইরেম্বী ৭ অসি পুথোক্লুনা থম্লগা মৈমা তরিংন্থু হায়না নিংথৌনহৎনা অমুক হেন্দে অশক্লগী মফম শ্লথহনা ১। কোংকোই ২। য়ম্মাং ৩। তেশরোং ৪। উরেন খুবা ৫। ইরেম ৬। খাবী ৭। তেংমাইন্থু ৮। উরেন হনবা ৯। লাংবা কৌবা মচানিপা ৮গা মচান্নুপী ১গা। মখোয় ৯ অসি পোকখিরমই। মচাশিং অসিনা পুংকক চাউরক্লবা মতমদা তেন্দে অশম্বা লাই ওইনা থুপখিরমই। তেংমাইন্থু কৌবী মুপীমচা অসি মন্থুং মতম ওইরক্লহুনা, মৈরম পানফবা য়ুচেংদা য়ুমলেপ মউ-লিংলুবদগী থাবুং মচা নাওপুরগা মপামদা হল্লক্লনা মবুং মোপগী য়ুমদা ইকাই মুংশি য়াম্লনা লৈরক্লমই। অসুম্মা কুন থা শুরক্লহুনা য়াম্না চনিং থকনিংবা, অরাম খৌরাংবা মতম ওইরকলমই। নোংমদি মানা অন্নম থোরকপা মতমদা মখোয়গী মথা থংবদা লৈবা চিঙ অসিবা লাইনা শাইওনবা লোইদাম ঙম্বা কৌবা অহল অতুগী ময়ুমদা চংলুবদা মাগী হৎখোন্দা পানথা মাইরেন অমা লোয়না হেক্কনা পুরক্লগা থোংহনা চাথোকউরে। মাইরেন অতুদ অহল অন্নুনা শুরুশিদবদা কংচগে হায়হনা য়াম্না লুনা থমজন।

মাইরেল্লি। মাইরেন হুখিবা মী মশক খংননবা খুদম অমত্তদি পালহনবীয়ু হায়হনা মমিত্তা মপি তানা কপতুনা নিজখিরমই।

মতুং থরা লৈরগা ভেংমাইনু থা শুরহনা অঙাং ১ পোক্লে, পোকলিবা অঙাং অদু মশা অপুম্বা মাইরেনগী মশক্কা যোম-শিন্নগা মঙক মকোকমথৈনা নিংথিজরবা শজিক থাবাবু ওমজবা মশক ওইনা তাইবং মালংপান অসিদা ফাওরকমলমই। অঙাং অসি চহি ১৪/১৫ শুরকপা মতমদা মমাগা পোকমিন্নবা, মামা ৬ কা হিডিঙ্গা লল্লোনবা চংমিন্নৈ। মদুদা মাবু হি মথক্তা থমলমগা মখোযনা খুঙ্গংদা কাখিরমই। মাইরেন ফমব্রেং অসিগী চান্নরদা মরুপ অনিথক লৈ। লৈকক লৈয়ারেন্দা লৈবা লাইগা তাওরোইনাই ৭ মক্কা মখোয় অহুমমক যান্না লুনা তিন্নরমই। তাওরোই ৭ কী থোরাংদগী লাইরেম্বী ৭ না ঈযুনাদুনা শাম্ন রিঙৈদা মখোযগী মফি মরোল লোইনা চেনশিন্দুনা মনাক্তা পৈদুনা থম্বীবদগী, হম্ফা খুদোপ য়াইওইবা অমা ফংদুনা মাগী মশম মরক্তা পুন্দুনা থমহল্লি। খুদোপ অদুগী মাযাইদগী মা-তোংলিবা হি অদু সনা-লুপা অমস্তুং অচা-অথক্কা পিক থল্লমই মতম অদুমক্কদা মাগী মামশিং অদুসু লাক্তুনা থুংলরে। লৈরম লিবা পোং-চৈশিং অদু উবদা মাগী মাম্মশিং অদুনা মখোয়, ওইনিংদুনা, লৌনিংদুনা ঈশিং অতাওবা অদুদা মাইরেন ফমব্রেংগ ইনথরমলে।

মাইরেন ফমব্রেং মখোং মথুং য়াওদবনা ঈশিং মঙ্গং অদুদ অরাবা অমা ওইরমই। খুদক অদুমক্কদা মাগী মরুপ লৈকব

লৈয়ারেল অমচুং তাওরোইনাইনা লোক্তুনা পুরকলে। মমাদা শিন্নবিরমলে। মানা মযুমদা লৈরবা মতুং মুমিং চুম্নি মরিনি কোনবদা মোপাশিং অম্ভ থুংলমই। মচেনা হংগ্রিডৈ মমাংদা কপ-লাউরতুনা মচেম্মদা মাইরেন ফমব্রেং ঈশিংদা হাপ্লে হায়না পাউতাক্লমই। মাইরেন ফমব্রেংনা তাথীতুনা (শাউরতুনা) মরম পুম্বা মমাদা অথাকপা লৈতনা তত্নমই। মীগী মপোৎ পাম্বা, মবুক কন্ত্রবা মখোয়না লৌনিংবদগী মচিন মনাও ৬ অসি শিবগা মান্নরবা ইকাইবা ফংলমই। মচেমনা মতুং অত্রদা মখোয়গী শরুক তম্বীতুনা অত্নমক তুমিন্না মতোক্লই।

মতুং খর লৈরগা মাইরেন ফমব্রেংনা মমাদা শ্নালেম্বীবু মাগী-দনক হ'ং হাযতুনা হায়রুবদা, নিংথৌ কোতিংলেম্মা য়ুম-বৈ, লম্বী-থো, পুম্নমক সনানা ঈঙ্গি শিংপা চমলবদি পীগনি হায়রুবদগী মাইরেন ফমব্রেংনা হায়রিবা পুম্নমক সনানা ঈঙ্গি শিংহন্দুনা সনালেম্বীবু লৌরমই অতুগী মতুংদা সনালেম্বী অসিনা য়ুম্বা ংথৌম্মি মচা হৈরাওবগা হৈরাং লোঙ্জীমতুনা লোম্না তন্ফা খুদোপ লোরগা লৈতুং লৈথারোন্দা নুংঙাইনা শাজতুনা লেরমই। মতম অসিদা ও উরৈইনাই ৭ না লাক্তুনা মখোয় পোম্বা-নুংঙাই-রিডৈদা খুদোপ অতু চেন্দুনা পুরক্লবদা মখোয় আনম্থ ঈশিংদা লৈবা য়াম্রতুনা লৈকংলেন্দা লাকপদা হৈরাওবদি অত্নমক শিখি-রমই। খুদোপকা সনালেম্বীগা পুরক্তুনা মাইরেন ফমব্রেংতা পীরমই। মাইরেন ফমব্রেংনা থীনা চৈবদগী ইকাইর না মপামদা খোঙদাতুনা লৈখিরমই।

মতম অসিদা লোইদাম ওম্বা অহল অসিনা মাইরেন ফমব্রেংকী মতৌ অসি উবদা হুংগাইত্রদুনা, মসি কোক্লবা থোরাং অমত্তং ত্রৌবিরমদব। য়াম্রে থল্লদুনা গুরুশিদবগী খুরুম্না তুম্বদা মমঙদা। গুরুশিদবনা তাকপীরম্বা মতুংইন্না, মমাদা পোৎলম পুন্নমক লাক্‌-হন্দুনা গুরুশিদববু খুরুম থৌনিবিবদগী কোকচরমই। অহল অসিনা মাইরেন ফমব্রেংকী মমিং "অহিং তাঙ্গু। হঙবা য়ুধক লৈরোং অপানবা" হায়না থোনহিবরে। মমা মচানা হরাওরক্লুনা অহল অতবু লাইগী মতৌগুম্না পুরুম নাওকোন্দুনা লৈমিন্নখি। মতম অসিদা সনালেম্বীনা মাংরেন তাইবং লাংওনবগী নিংথিজবা শকথোং উবদা লৈবা য়াত্রদুনা হন্না হন্না হায়জরুরবদা য়াবীরদুনা, লিরি থোংজেলদুনা মহু নিংথৌ কোত্তিংলেনগী অহম্বা ফম্নাইবা ওইদুনা হুংহাইনা পানখিরমই।

---

# মরিঙবা পন্দুপ

**কংলৈ পুংময়োল্লা পোকপা লাই তাঙ্বং মচাশিংনা থীরম্লেন্দা তিনখিবা।**

কংলৈ পানবা তেদে অশনবগী মফমদা, লৈমুরেন চনু লাইরেমা থিংবা ওইনা, লৈমা ত'রংশু হায়না মমিং থোন্দুনা হ'থরগা মচা ৯ পোকপদগী মচিন মনাও মথোয় ৬ হিজিজা লাক্লোবগী থবক তৌবদা, কত্তবদগী মশা মশাগী ওইজবতা পামদুবা অমম্তুং থম্বুবা, মতমগী লমচং চংখিদবনা, কংলৈ লৈবক অসিদা

লৈবা ভমজ্রক্তুনা রা লেপ্পা তাংরমই, মইরেন ত'ইবং মহাক অসে হৌজিক্তি তইবং তশেংনা ওইরক্লো মা'না মখল মখা অয়াম্বা তইবংনা তৌজমদবা মশক তৌ মহুনা নিংথৌগী মনক লৈরখিবিক্লীচু মচিন চংপা অঙনা লুচিংবা ওইনা লৌরকলে। মাগী মকমদা ঐথোয়দা থৌরাংখিবা অতুনী অমুক্তং লমন লিংখৎকপদি শোয়ররোই। মহাক্না ময়ম অরু নিংশিংনরিক্তুবৈ অসিদা ঐথোয় ঐথোয়গী থরায় ছিংনবা ভাংজক্কম কয়াজেল, থিক্লৌরসি হায়না খন্নকুনা মীরুম থোংদাখিবদগী, মচিন মনাও মথোয় অসিনক্তা পুক্লিং. রাজা, ফিজেং, চাকচা অমুত্তা তিম্বর পনা মানা মানা পাম্বা লমচং শাজং লৌতুনা লৈখিরমই।

১। কোংকোইনা পোং পোক্তনা নোংপোক পাংনা চংখিহুনা "কবো" হায়না খঙনরিবা অসিগী ফিজেং, চাকচা লৌংনা লৈখিরমই।

২। য়াংমনা "ময়াং" হায়না খঙনরিবা অসিগী ফিজেংচাকচা লৌতুনা নোংচুপ পাংনা চংখিহুনা লোতুনা লৈখিরমই।

৩। তেশরোংনা "তাখেল" হায়না খঙনরিবা অসিগী লমচং শাজং লৌতুনা লৈখিরমই।

৪। উরেল পুরন্না "কুমু পাঠান" হায়না খঙনরিবা মশক অসিগী রাজাং, লমচং লৈখিরমী।

৫। ইরেম্না "ভিলি পাশা" হায়রবা মশক অসুগী ফিজেং চাকচা, লমচং শাজং লৌতুনা লৈখিরমই।

৬। খাবৈনা "চায়রেন অমড়ং খাগী" হায়না খঙনরিবা মশক অসিগী লমচং ফিজেং চাকচা লৌতুনা লৈখিরমী।

---

# মঙাঙবা পান্দুপ

## কংলৈপুং ময়োম্বা মাইকৈ ঙাকপা লাই তাইবংনা মথং-লেংনা মঙ চারি শমথবা।

কংলৈথোম মুহি পাথংবা লৈমা তরিংন্নুগা কংলৈপুংদা লিরি থোংজেম্নত্তনা লমথোকপদগী থুপ্পবা অংদা, লৈমা তরিংন্নু লৈশি-রেম্বীনা মপুক্তা তাবিরক্লনা চীংয়া তময়া কোক্লনা চত্তুনা লাংঙল লিলা শাক্তনা লৈখিরমই। মতুং অদুদা মাইকৈ মাইকৈ নিংথৌ লৈবাক লৈবাকী তঙশিংনা মাগী মাগী লম য়েম্মত্তুনা লৈবাককী হুংঙাইনবা ভোংনত্তুনা পাম্মরক্লে। কোরৌ নোং অমদা অরাং কংলা পানকবা পোংলেম থোম্বনা হৈরাও হৈদম্মদুনা মমাই মথা পাংনা লম য়েংবা লাক্লমই। মদুদা কংলৈপুং মমাই মপু পান্দবা মরম্মা শদু য়াংকোগা থুমদুনা মীচিক মীরাংথোন তাদনা লৈরমই। অম্ম্মা মাং মথং লম য়েংন-য়েংনা লাক পদা, চিঙয়া তময়া অক্লেনবা তোলোম্বা অমদা লাংঙলে হৈবী লৈশিরেম্বী লৈমা তরিংন্নুগা থেংনখিরমই। মদুদা পোংলেন থোম্বনা ঙক্লা হংলমই- "চেংলৌ শকখাং শকহেম্বী মুজা নংগী নশেক নঙাবা লোকটাম থাজবু ঙমজবী ইথোয়নৌ নংবু কনানো "থুন্নু মথিক ঙকচংবা! ঐ অসে লৈখারোন লৈফুরেন চম্মুনি! ইবেম্মা লাইরেম্বী! নহাক্তি কনা লৈত্তবা মকম অসিদা করি তৌরমলিবনো? লাংবল খোইমু খোন্দাবা! ঐ অসে কন লৈজক্রবী চম্নুনি। চঙজফম লৈত্তবা মরমদগী মালং কোইজানরদুনা কমলেন নুচিং কোয়না থিজরমলিবনি। অদুদি ইবেম্মা! ঐঃ

অরাং কংলৈদগী লাকপনি, ঐগা লোয়মনা চংলসি। কংলৈ তোলোংপুংময়োন্বা খোয়নৌ শকহেন্বী নহাককী ঋুমলেন লুচিং য়াইকপা ঐনা নোংদম্বা শুক্তজগে। খুন্নু মথিক শাফবা অদু শুক্তরবদি ঐনা তৌবা থবক্তা পুকহং পাউহংদবা ওমনিগদ্রা? মদু ওন্বীগমি হাযরবদি হৈনা মতং ইজ্জতমা নোংদম ফমলেন তাকপিবদু ঐনা ফংজবা লৈইজগে। রাঁ অসি তাবদা পোংলেন খোম্বনা পুকহং পাউহংলোই হায়না ঋাম্প্রপদমা কংলৈ তালোংদা লাক্তুনা, নিংথৌ খুভম লেপতুনা মতম ফুংশাংনা লৈমিন্নখিরমই।

# তরুকশুবা পন্দুপ

## লৈফুরেন চন্নুনা লাংওন শায়বদগী পোংলেন খোম্বনু কায়নবা।

মংম অদুদা লৈথারোল লৈফুরেন চন্নু অসিনা নোঙ্গাংদনা চিংয়া হৈময়া কেয়না চত্নুনা মহাক্তগী লাইরেং। হৈশিংবী ৮ পু থাক্তুনা লাওল লিলা হেক হেক শায়রমই। শায়বা লোইরগা মশাদা অমুক হুঞ্জিন্দুনা ময়ুমদা লাক্তুনা লৈমিন্নে। অংম্বা লৈরক-পদা মচা পোংথম পোংহন পোক্লমই। মদুমক্তদা মাগী নিংতিগী শায়বা লাংওল অসি তোকপা মরৈখিদে। মদুদা পোংম্বদি পোংলেন খোম্বনা "ইবেম্মা! নংনা নিংতিগী চংলিবা অসিবু কদায়দা চংলিবগে" হায়না হংলুই। মদুগী লাংওলে লৈফুরেন অসিনা ঐমা তৌবা থবক্তা পুকহং পাউহংলোই হায়নখিবনা

করিগী পাউহংলকলিবানা ? ঐদি হায়নখিবা মরম কায়ক হোং-ফদবনি, অদুনা নংগা ঐগা লৈমিন্নবা ঙসিনা পন্থান লোয়বনি' ঙসিমথৈ নংগী নযুম চারি অসে নংনা লাক্নোঙহৌরো, অদুগা নচা নিপা অনি অদুবু "পোংথম পোংহন.' হায়না মিংথোন্নু অঙ্গম্বা 'তাক্লমগলগা মিত্রংসনা শঙ্গোইরেম্বী লৈমা ওরিংনু মফম খঙদনা অদুমেক চৎখিম্মই।

## তরেৎশুবা পন্দুপ

### মথা মাইকৈ ওয়

মতম অসিদা থেংঙাইবগী মচা নোংদম অখুবনা চিনথুরোন লৈচিক ঙাম্নীবু পান্নদুনা নুং-শাংনা লৈরমই। মতুং অদুদা মচা নোংদমলেন অখুবা পোক্তুনা তাইবং মউ চারি শমথরক্লগা মতুদা লাই ওইদুনা লৈখিরমই।

## নিপালশুবা পন্দুপ

### অরাং কংলৈ শাংথবা, শমথবা।

লাইজিং নিংথৌ চেঙানা লাই ওইদুনা থুপাত্রবা মতুংদা নোংদম অহল্লা লৈথমলেম্বী পান্নদুনা, অরাং কংলা কৌক্রু পুংম য়োম্না খুভম লেপ্তুনা পানখিরমই। মতম অদুদা লৈথম্লেম্বী মচা নোংদম অহন পোক্তুনা অরাংকাংলৈদা তাইবং মীরেপ চারি শমথবা হোদুনা নুংশাংনা পাল্লমলগা লাই ওইখিরমই। "অরাং কংলৈ শিদবা মাহল লাইথমম্ন" কৌদুনা লৈখি। মতুংদা কংলৈ অমনা শেকমাই খম্পাৎ মা কংলাদা ওইদুনা লাইশিনবা অহুমকী মিথৈরোন ওইখিরমই।

# মাপলশুবা পন্দুপ

## নোংলেন নোংপোক চীং পানম্ফবা ।

নিংথৌ থবাইনা থুপঅবা মতুংদা ফুপকংবনা চিংঙ্ক লৈমা পান্নদ্রুনা থাফমদা মচা কুক্কমলেন মৈনাই তাবা পোক্লমই । কংলৈ ষুংনাংপান ( নোংমাইজিংগী নোংপোক্তা লৈমা মফম অমা ) কৌবা লৈবাক্তা নুংশাংনা পান্নমলগা লম পূদ্রুনা লৈখিরনই ।

---

# তরাশুবা পন্দুপ

## খা নোংপোক শুংদাই মৈরম লুচিংবা ।

নিংথৌ য়ুচেংনা লাই শুইঅবা মতুংদা, নুরুম্বনা হায়নু লৈমা পান্নদ্রুনা নুংশাংনা লৈরবা মতুং অদদ্রুদা মচা কুরুমলেন মৈনাই তাবা পোক্কদ্রুনা য়েন্নু-তিংথং লৈতনা (থমদনা) নুংঙাইনা পান্নম সলাই নিংথৌশিংবু মপাম্বোম মথাথানা থমদ্রুনা পূংময়োন থুডিং কোয়না চত্তুনা মনিং মথা তম্না খা-নোংপোক শুংদাই মফিং "থম্নাংবা" কৌনা লৈখি । সনা হেদিঙ পাথংবা খম্নাংবা খোংদাই মরি ( যুগ ৪ ) অশুম্বা তুবী ৭ পু হিডম্বা (লাই শাঃগুন ৭ পু তম্বা) তুবী চাগোক অপুম্ববু লাংবন কাওরেন পোনশেম্বশুম পোনশেম্ব ( নিপা থোকপা লিংজেল লৈবা লাই শাইগুল অয়াম্ববু ফ- শেনবশুম মানা শেল্লি) লাবা খিয়াং থোক্লা থেংতম্বা "সনা কোন- মনিক" কৌদ্রুনা অমা শেল ঙাক্কদ্রুনা লৈখিরমই অমশুং হৌজিক ফাওবা লৈরিবা অসিনি ।

## তরামাথোইশুবা পন্দুপ

**থাংহি ভাংজোই পাম্নকরা।**

নিংথৌ য়ুহানা লাই ওইঙ্গবা মতুংদা মচা হৈরাওবনা, পিশিন্নদ পাঙ্গত্নুনা খুত্তম লেপখি। মতম কুইনা লৈরবা তুংদা মচা নিংথৌ হৈরোংলেন নোংজুম্বা পোক্কনা, থাংহি ভাংভোই মাইকৈদা ভাইবং মীরেপ শমথরম্লগা লাই ওইনা লম পুত্নুনা লৈখিরমই।

——— —

## তরানিথোইশুবা পন্দুপ

**হয়িচক মঙাল শামথরকপা (লাইরেকপা) লাইথংং**
**১০৮ অমসুং লাম্লনা মউ তরেং লাক্তনা**
**লাইথংংকম থোনিরবা।**

হয়িচক (সত্যযুগ) অসিগী মনুং অসিদা লাংঙন শান্না লেয়্রনা, স্নাহল অসিবা (সনামহি) কোল্লিন তুংথাকপা (পাখংবা) অনিমক্তা নোংথৌথক্তা (নোংমদোল) লাংঙন লা শাম্লবা, য়ুগকী লাকয়েন ওইহনা লাইথুং চাবানিপান অমসুং লারনা মউ ৭ মক্তা লাক্তনা সনাহল অসিবগী মফমদা হায়রকই "ঐখোয়বু নোংদম্বীরগা লাইথুংকম, চাক্তাকম তম্বীদে, মসি নোংদম্বীয়ু।" ভাংখো নখোয় পুন্নমক্তী লৈফম, চাক্তাফম ঐনা শোয়দনা পীগনি। অসিরা (সনামহি) না মশানৈগী মফমদা ইশান্নৌ পাখংবা। নহাক-ঐহাক্তা লৈরক্লিবা অসে নুংশাংলক্লে, ইচিল ইনাওনা ভাইবং

চার মথং লেংনা শনথরকপা অসিবু তাইবং মীশিং রাক্তনা ; মনিং তম্না পাঙ্গবা, চুংঙাই হৈঙন থোরাংনা লৈউম্বা অসি মঙাইরে।

মরম অসিনা হৌজিক্কি হয়াচক (ত্রেতাযুগ) হায়বা চক (যুগ) অতুগী লাকএল শৃংদাই লাক্কদোরে মসিদা লিরোল্ল অমা ওইনা পালহল্লসি ইচিল ইনাওনা শেমগদবা মখৈ শেমগ্রে, লৌথোকপগী শরুক্তি য়াওদ্রি। মরম অসিনা থর ই পানবা মখোয় মরাম অসে লৈফমতু লৈশিল্লক্করে। মখোয় অসৈ অরী-শানৌ মচং-মরোং শিন্ননবা লিরোল অমা তশ্বীরসি। মতুদি "নাব-শিবা" হায়বা লিরোল অসি থরাই পানবশিংদা নোংদম হেল্লখি। ওইবশিংদসু পীরসি। ইশানৌ নংনা নুপী ওইনা লাংএল্লে, এনা নুপা ওইনা লাংওন্দুনা লিরোল অসি য়েল্লসি, হায়না লেপনহুন, মতুং অতুদা লাই মখোয় অনিমক্না তাইবংলক্কা লাংও বগী চিউ কোংজাংনখিরমই।

---

# তরাহুমদোইশুবা পন্দুপ

## নোংচুপ পানফবা কোতিংলেন।

মনিং নোংচুপ নিংথৌ কোতিংলেননা থগৎখ্রবা মতুংদা মচা "পোংথা" হায়বা অসিনা "পিয়াংনু" লৈমা পান্নহনা নুংশাংনা নিংথৌ ও রকই। মতুং থরা লৈরগা মচা "হৈরোং ঙাংথা ঙাংলেন" পোকলমই। মতুং অতুদা সনাহল অসিবা (সনামহি) কোঞ্জিন তগথোকপা (পাখংবা) অনিনা পিয়া নুপী শিয়োমতুং (গর্ভ) নুংদা চঙখিহনা তাংবং চহিদা মশীং কয়ারক মিরোন্দুনা লৈরমই।

কোরৌ নোংমা পিয়ইান্নুনা ঈশাংফু ( চফু ) অমদা ঈশিং শোক্লগা থেংলোংদা ( শূমাংদা ) থারমই। ঈশাংফু মনুংদা মতুংদা মরু লুকথহনা য়েংবদা মাগী মমি অদু চফুমনুংদগী ঈশিং অতুদা তাবা উরমই। মহু উবদা হিঃ করিনো। হায়রুনা মখুৎ অনিনা খুউদা শোংনা য়েংলিউদো, য়াংলোমদগী মফম ইখঙ খঙহৌদননা লৱাই খায়বা জীব অনি থোকখিহুনা নোংথৌ ( নোংমদোন ) থক্তা পাইহুনা চৎলমগ। মখোয় অনি তাহুনা হায়রক। পিয়া নুইমা। ঐখোয় অনি লৈবাক অসিদা অমুক হন্না লাকখিনি ঐখোয়গী ইমিংদি "অমাইবা-অমাইবী" হায়না কৌরকনি। হন্নুম্না হায়রমগা মফম খঙদনা অতুম্মক চৎখিরমই।

মতুং খরা লৈরগা নিংথৌ পোংথা অসি, মনাও নিপা হৈনাও পোইনা তাম্থোক্তুনা নিংথৌ খুভম মুল্লমই। হৈনাওপোইনা লৈবাক অসিদা অথোইবা নিংথৌরেন ওইনা পান্দুনা উকোং লৈমা পান্নহনা তাইবং মীরেপ কুংশাংনা শমথরকই। মতুং অতুদা ময়াম্বনা পোক্লম্বা হৈরোং ঙাংথ থাংলেম্না মপাবু তাম্থোক্তুনা। খুভম মুনথি হায়বগী শাওহনা মাগী মী খরা খোমলগা হুয়েল লান্দারক্রে লাল অসিদা থাঙবা ঙমন্দ্রহনা নিংথৌ হৈনাওপোই মাগী কাংবু খরা লোয়নগুনা লাঙ্গেন্নখিরমই।

মতুং অতুদা হৈরোং ঙাংথ ঙাংলেম্না নিংথৌ ওইহনা লৈবাক ঙাক্লমই। য়ুহালৈমা পান্নহুনা তাইবং মীরেপ চার কুংশাংনা শমথহনা য়েক-তিন্থং লৈতনা কুংঙাইনা পাল্লমই। মতৌ অদুম্না শিব-নাবা খঙদনা চানিংবা চা, শেংনিংবা শেং, চাক চফুন

কুক্রুবী পাল, ঙান্না ঙাকৈদা, থুম্না থুমগৈদা, ফিন্না ফিগৈদ', শীংনা শীংগৈদা, নীংলক নীংলকপা মতম্দা অৱাংপা লৈতনা পানখিবা মীরোল নিংথৌ ১৭৪ রোম পানখিরমই। অদুগী তুংদা "অমাইবা অমাইবী" অমুক হন্না লাক্কনা নোংচুপ হারমদা য়াথোক্লরমই। ( ক্ষোঙদোক্লমই )

---

# তরামরিশুবা পন্দুপ

## নাবা শিবা হৌদোক্কনা তাইবংদা য়েল্লম্বা।

অমাইবা চেংবা খুংলৌ য়েংবা, শরিক লাইনাঙ গাবী, অমাইবী অনি অসিনা য়ুমবুম খুদিং চঙ না খুংলৌ য়েংদুনা শরিক পায়দুনা, থিংদুন। তাইবংশিংগী পুক্লিং লৌশিং ওইনবা হৌগিবা, তুংদা থোক্লগদবা লাইপাও লাউদুনা, পীদুনা লীদুনা তাইবংশিংদ' থঙহনবা হৌরক্লমই। লাইরোলদি :—

পলেম ইল্লুং শিয়োমল্লুং নমু পোংথোকপা,
পুক্লিং ৱাখি' মুন্দবনা পায়ম ঈরৈচল
অৱা' পোপ্পা হুন্দুনা ৱাইথং 'ফম্বী খঙদ'
করি' তাইবং ক্ষোইজাইনবনো?
ফম্লেন লুচিং তাইফং চোইনৌ সনা কমকোং
চান্নশুম তাইবং ৱাইথং ফম্বী ফংঙম্বা
হে তাইবং পামজৌ ও! অসিনচিংবা॥

লাইরোল অসি তাবদা নিংথৌ অমদি তাইবং পুম্বা লাই বাও অন্থু তাবনি হায়রুনা মতুং কোয়না ইন্নদুনা হায়জন্নকই চিঙঙ্ লাংগী পাউজেল অসিবু তাইবং ঐখোয়গীসু মুংঙাই য়াইফ ওইনবা লম্বী অমতা নোংদম্বীয়, মতৌ করম তৌরগা তুংগী য়াঃফবা ওইগদগে। তাইবং অপঙবশা। নমু নখোয়গী খৈন মুংঙাই য়াইফবা শরুক ওইরবদি তৌরাংথক্তা ওল, লুতুং খোঙপাব শা, খরাই লাইকন্নহুনা মুংঙাইনা লৈবা, অহুগা নখোয়, ঐখোয় চঙহুনা মাগী থৌগল লাংহুনা লৈগদবনি। অনাবা হায়বা অদুদি করম তৌগ? নখোয় খঙানংলবদি ঐখোযনা তাকপীগনি, পামলগ নখোয়সু লৌজ হী।

মরম অসি হায়দুনে শরিক লাংনও তাবীনা অনাব শারমই। চেংবা খুংলৌ য়েংবা অমাংবনা ফমাংশন-লায়কঃরনস অনাবনা অদু চাগে হ য়রে, থিহল্লু। কোয়না ফ নবা থিদুনে পীজে, অনাবনা মনাক্তা ফমলগা শিংলু-নাল্লু, ফিরোন অদ শেংকে হায়রে খিক, অসুম্না তাইবংশিং অদু অনাবা মান্নেব থিবদা য়ায়া বারমই। নখোয়না খন্নে, অনাবা হায়বা অসিদ য়াম্না মুংঙাইবা মরম্মিদনা মা মথন্তনা ঐখোয় পুম্নমকপু শিজিন্নে মাদি মুংঙাইনা হিপ্তুনা লৈ, অহাওনা অমদি ফি অফবং শেংলি। অদুদি ঐখোয়সু নাবা হায়বা অদু ওঃরবদি মুংঙাইন লৈবা তাং। অনাবা হায়বা অসি ঐখোয়না লৌরসি হায়না লেপ্নদুনা তাইবংশিংনা ঐখোয় থবাই পানবশিংগী শরুক ও জরগে হায়না নিখিরমই। ফন্নে তাইবং নখোয়ন

হায়নরবনিনা লৈংহৌরো, হায়দুনা লাইথুং ১০৮ গা লোয়ননা পিন্সিল্লমই ।

হে তাইবঙ অপঙবশা ! মসিদগী হেন্না অমুক নুংঙাইবা অমা লৈরিদো । য়েংউ অসিদগী অশিবা হায়বা অসিনা অমুক হেন্না নুংঙাইবনি । নখোয় থবাক্ট পানবশিংগী অমা অমুক লৈতরে । মসিমক্ষু য়েংউ পাম্লগা লৌজহৌ হায়দুনা শরিক লাইনাও তাবীনা অশিবা শাগদবগী মাংশোক কাদা গুন্তোইনা, লাওং খোংনা নাহেক্লনা তৌরাং ফক্তা ওন্দুনা লৈরমই । চেংবা খুৎলৌ অমাইবনা অমাই পুরেল ওইদনা লাইয়েংলমই । অমুক খরা ফহল্লি, অমুক কল্লা হেনজিনহন্দুনা নোংমদি অনাবা অদ শিথিরম্মী । মদদা অমাইবন শিল্লাংদনা মালেমদা (লৈবাক্তা) চুক শক্তক ংংলগা শীংগল তরেৎ হাক্তনা শেম্লগ, মথক্তা চান্দুবা থনদনা মৈ থাখিরমই ।

মতম অসিদা তাইবংশিংবু খঙহল-উহন্দনা শরিক লাইনাও তাবী কাই মনুংদগী হৌগত্তনা চৎখিরমই । মতুংদা, অমাইবন তাইবংশিংগা লোয়ননা ঈক্লদনা মঙ্গারবনি ওয়েদনা কারক্লমই । মতুং সুম্নিং ৫ নি লৈরগা ময়াম তিন্দনা অচা অথক অমুম-অহাও লাংদনা, নোংদম মপা মপুগী মতিম মংগাল ঙাংদনা অচা-অথকশিংদ চামিন্নৈ । মতুং ১৩ নি শুবা সুমিক্তা অচা অথক ফিরোল পৈদনা থম্লগা "উক্রোং হোংবা" হায়না মথৌ মঙম তৌদনা শিদবা মপুদা কৎলগা ময়াম তিন্দনা চামিন্নৈ । মদদা অশিবা শাল্লিবা শরিক লাইনাও তাবীম্ল-য়াওরমই । অন্তম্বা

থা খুদিং থা ১১ শুবদা চহিগী উক্রোং হোংবা হায়রদনা অচা-অথক মপুদা কংলগা চামিরে। মদদা তাইবংশিংনা থম্নে, মসিমগুম নুংঙাইবা 'মরম অমনি নিঙ্গৌরসি হায়না তাম্নদনা' শিবদা তৌগদবা থৌরম অপুংগা লোয়ননা মিরমই। অমাইবা অমাইবীনা তাইবং অপঙবশা। ওসি মথৌ অনাবা অশিরা হায়বা অদা ফংজরো লৌজরো হায়না খোইযুম অনিনা পিখিরমই।

অদগী তুংদা তাইবং নারে, 'শ'ব অমগুং মৈ থারে অচা-অথক য়াম্না শেম-শাদনা উক্রোং হোংলে। মখোয তাইবং মরক্তা অশিবা অদ নোংমা লাকবরা মরাক্কে, থাজ নুমজা ওনমবা কাওবদা লাকপা মরৈখিদ্রে। অসিগুম্বা অনাবা অশিব-মক্তনা তাইবং য়ুমথোং মিকপ-মিরাওখোম্না তা মক্তরে। অমাইবা অমাইবী অনিবু তাখিরে (শাউরে) খোইযুম মখোয় অনিসু লৈবা য়ারক্তদনা চেন্নক্রে। তা কশিংনা থিরকপদা খোইযুম চীংযক্তা থেংনদনা ফাগদবগী তাম্নরক্রে।

মাই অনিসু মথং মথং চেন্নকপনা নুরুম চীং য়োরকপদা অশিরা (সনাম্নহি) না হায় ইশানৌ কোম্দ অনৌবা, সনা থম্বাল কুরুমচীং হৌ'র. মকম অসিদা লৈদনা অচংথোং হাং অশি থোং থিংজনা থোংথোক খোংঙুল কম্বালবু শিন্দুনা, লোহনা লৈরসি। নোং কোরো অমদা অচং কয়া থোকওমখি তাকওমতুনা শিবী অঙানবা তাইবং বমগুং খোঙুল খোঙজা লাইক্লেবী কৌহনা লাইলাম মচিন-থেশা ইশানৌ নওনা থুপখো। শিবী অমম্না লাইলাম উকোন্দা অমাই নাম্বমু লৈওম্না, কুরুম লাইঙাক লাইপুবা "মুক্লাং নিংথৌ"

কৌনা থুপঅগে হায়রনা অমাইবা, অমাইবী অনিনা সনা ফজাল শেম্মনা লৈখিবা মরম্মা তাইবংশিংমা থিবা ফংদবদগী রাহোংকম লৈজবদগী মনিং তম্মা পাঞ্জরম্বম্ব মতম অসিদা তাইবং নুংশাংবমথৈ শিখিননা নহা ওইবা মথৈনা চক (যুগ) অসিগী মীরেপ চর ওইনা শাংথন্না চাকতোন ফিদোল লোমথনা অশি অনা তানফংজখি।

---

# তরামন্তাশুবা পন্দুপ

## হয়াচক হোবা হয়াচককী মপোক।

মেরা থাগী ৯ (মাপন্নি) পানবা নিংথৌকাবা নুমিত্তা হয়াচক পোক্রে। চক অসিগী মপুন্সি লৈগদবা, তাইবং নমগী চহিদা ১২৯৬০০০ লোম পানগনি। মতম অসিদা লৈবা তাইবং নমুনা, তাইবং চহিদা চহি লীশিং তরা পুন্সিবা ওইগনি। মশাগী মীরেপ্পা থুহপ ১৪ য়াংগনি। শীজিন্নবা মশক্কা নুপানা শাবা, শেম্মা মশক্কা শীজিন্নগনি। য়াইবীরেল মেরুবা থবাইনা, শকগী মহুংদা থমখিরমই।

---

# তরাতুক্কশুবা পন্দুপ

## হয়াচককী অহৌবদা লাংওবা (মবুধিবা নিংথৌ

মতম অসিমক্তদা ডা নিংথৌ মহেন্দ্রিন। তাইবংপান্দুগী মপোকপা লাংওবন্না থোক্লকপা "মবুধিবা" হায়না মমিং লৌখিন, কংলৈ হুংন্যাংপোল (তোরোং চাং) কৌবা লৈমাক অসিদা নিংথৌ

ওইনা পানখিরমই। লাইরৈনা "চাখাম্ন থারোনি মুমলৈমা" কৌবি পাম্মুনা লৈবা মকম্ন "খুবাই" হায়না খঙনরি। মহাকথক্ক মুংঙাইনা অহোং-অচাওনা, অরাং অপা লৈতনা পানখি হায়বদগী মতম অতুগী তাইবংশিংনা মফম অসিবু "খুরাই-অহোঙগৈ হায়নঃ কৌরমই। অতুগা নিংথৌ মহাক্কী মমিংবুশু "অহে ং নিংখো হায়নশু কৌনখিরমই।

নিংথৌ অসি লৌউবা, ইখোল কোইবগী থবক অসি তাইবংশিংদা নীংথিনা তম্বীদুনা, নিংথৌ মশামক থবাই য়াউঙ লৌ ইখোল শুদুনা মচৈ মরোং চঙখোন্না, রাজনো যংননব হৌদোকখিরমই। মতুং থরা লৈরগা মবুখিদা অমসুং খারোনি মুমলৈমা থার্কনদ মমোম অনি ফংজরমই। মচানুপী অহল শঙ্গুল "শৌবল লাইরেম্বী" কৌই। মমোম কোন্দ অদুনা "সনা খেংনা লেমা" হায়না কৌরমই

মুজা মচিল মনাও অনি অসে শিঙেল লৈকাফম্না চেংলৌ হেনবী লৈরাং পান্দমগুম, খাংজংবা খোইমু কয়াগী খোইদা নফম, পুক্রিং মরাং হৌনবা শক্তম্না ঙাম্বোইবী, রাজ-পা পুক্কৈ কোন্না, মনীং তম্না পলেম পম্বৌ অনিনা কেনা নৌনি লাঙ্গোন্দুনা চহি থুংশান্না পম্বৌগী মোংবা মিশাই কোন্দ লৈখিরমই।

কোরৌ নোংমা অমদা মপানা মমোম মতৌ য়েংগে নীংলন হায়রকই ইপাগী ইমোন অনিমক নখোয় অনি তারোদো ইঙ নোংখোং তারেদো, ইঙেম্বাগী নোংলিক্কা ইনৌমরাং হৌরক্লনি

ইপানা অহল ওইরকপনে, পলেম্মা পাঙ্গল হল্লকপনে ইমোম নখোয় অনিনা তম্বা নিপা ওইরম্মবদি ইপাগী অৱাবা কোক্কদবনি। অতুবু নোংমা নিনিদংদি ইপা ইমা পোথাগে, পম্ভৌগী অতোং লৌক্ককেন ইমোম খারি লৌয়াল্লু"। পম্ভৌগী মপাও তাবদা মমোম অনি মিংস্না ইবাচেল তুপী মপোক ওইবনা করি পাঙ্ন্দি লৈজদা পম্ভৌ য়েংনা হায়জরকই।

পোথাবিযু অপোকপা নচা ঐখোয় অনিনা খারি লৌয়ানবা চচ্চগে, নিপা থোনা লৈত্ত্ৰবস্তু পলেম পম্ভৌ অনিগী অওম্বা মতেং পাংজগনি, অসি হায়তুনা মচিন মনাও চয়োম খরা পুরগা য়োংপাক লেংদ থোংতুনা খারি লৌবুক পাংলক্লে।

নুরা খুংজেং মচি লাং, পোরোম তাঙ্গা শম্লক্লে।
কৈথেং মক কক্তুনা, তেংপাক-লাল্লু শারক্লে।
শানৌ মচিন মনাওনা খারি লৌয়াম যাল্লক্লে।
খবাক মৈওম হৌতুনা, খোনাও মৈরা চিংলক্লে।
হকচাং তুম্বী খুঁদংদা, চমাং লৈরিক খারক্লে।
অপুম্বা হকচাং চোংলকপা, খুংজেং চরে ফাওরক্লে।
খর লিঙ্জল কনবনা, ফুইনা ফুইনা হোল্লক্লে।
অরা পোথা ওইনবা, লিরোল তানবু শেত্রক্লে।
খর মিতুন তুংইমা, ঈশৈ লিরোল শক্লক্লে।

মচিন মনাও অনিনা
কুঞ্জিংপু লক্কবা

**লিরোল ঈশৈ ঃ—**

ৱোইময়াই মালেম অঙানবা
সনা খোমদোন অতোনবা
মুনি' লাখা তরা'না
হিরি তোংদম ফাল্লিবা
অঙাল খিংখি খিংগারো
অঙাং নারা শুইবনা
কাংজে কাংছু পায়ছুনা
শোরোক য়াংবী থক্তু্দা
কোয়না চেম্না শান্নবা
নাত্তাশিংগা পান্দমগে
খিং খিং খিংগারো
সে সে ৱাইনৌসে
চরা লাংমৈ ৱাইনৌসে। অসিনচিংয়া।

খোনথোক্লা ঈপোম চাউন', অরেপ্পা লৈতনা য়োংলৈ অত্তুগা ওান চানা শকখিরমই।

মতৌ অম্ম্মা লিরোল ঈশৈ অসি শক্তুনা লৌ য়ানবদগী মুমিংনা লাক্তুনা সনা খোংনাং লৈমা অসিবু লৌখিরমই। মবুথিবা ৰিংথৌনা মমোম অসিবু মুমিত্তা থাজরমই। অতুগী তুংদা "মুংগাং নিংথৌ" "মুংগাং লৈমা" হায়বা মমিং থোন্দুনা খুবম অম্না অত্তুদা থনমগা মুংগাং নিংথৌ, মুংগাং লৈমা, কোরৌ নোংমদোন্দা থোংগাখিরমই।

# তরাতরেংশুবা পন্দুপ

**শৌবল লাইরেম্বীনা ইভোবা লাই ( মহাদেববু )**
**নীংবা অমসুং ইভোবা লাইনা লাইনীংবা**
**অহল শাদুনা লাকপা।**

শৌবল লাইরেম্বী অসিনা ইভোবা লাইবু চহি দু শাংনা ঈরাংচখি। নান্নু নাদে, শিন্নু শিদে। মহাক্কী লাইনীং, চেংখিবনা ইভৌবা লাই অসি লাইনীংবা অহল অমা শারদুনা লাক্লমই। মপা নিংথৌনা ইভৌববু থমদুনা, মচানুপী শৌবল লাইরেম্বীনা মহাক্কী সেবা তৌহল্লমই। মতম অসিদা নিংথৌনা লৈথাক মীয়াম অমসুং অকল-অথৌ অপুম্বদা লাওথোক্লমই। মতুদি ওভিদগী হৌদুনা কোরৌ হুমনিগী মসুংদা শারম ১০৮ ফাদবা য়াদে, অদুগা কনাগুম্বা অথৌবা অমনা শা ১০৮ মক শুনা ফাবা ওম্লবদি ঐগী ইচানুপী শৌবল লাইরেম্বী অসি মনা ওইনা পীগনি।

পাও অসি লাইরেম্বীনা তারদুনা ইভৌবদা তমথিরমই। ইভৌবনা হায়রকই, ঐহু ইবেম্মা শা ফাবা অসি য়াওরুগে শগোল অমতা লৌরু, অদুগা চয়োম থরা, ঈশিং থরগা মসিদা হানবীয়ু হায়দুনা খুবাকমুক্তা পাকপা থাও অমগা খোঙবী মরুমদা, চাওবা তুম্বা অমা পুথোক্ত্না পীখিরমই। মদু উবদা লাইরেম্বীনা হায়রকই। লাইনিংবা ; মহাক্কী থাও অসিদা হাপ্লনবা চাক অদুদি ঐখোয় অনিগী খোংবদা খজিক থোইরগনু ওক্লনি। হেপ্পা ঈশিং শোক্লমনু ঐনা শোয়দনা হোৎনগনি। চুমই ইবেম্মা, অদুবু

ঐগীদি থোরাং হান্না তৌবীরে। লাইব্রেরীনা মপাদগী অফবা শংগোল লৌরক্তুনা উখোক্কেন্দা পুন্দুনা থমই। ঈশাইকু ১ দা ঈশিং শোক্লহুনা তুম্বা অতুদা হাল্লমই। অঙকপানি খোংবী মরমদা চাওবা তুম্বা অঙ্গনী মনিঙ ফাওবা কোক্লখিব্রে। চাকম খোংলগা খুবাকমুক্কা পাকপা খাউ অম্দা হানবদা খাঙৈ য়োৗবা ঙমখিদে। ইবেম্মা অসি ঙক্লহুনা মন্নাইশিং ময়াম কৌদনা অহিং চুপ্পা ঈশিং হোন্দুনা হৈবদা কৈদৌরে। চাক থোংহুনা হানবদা খাঙচৈ ক্াওবা য়োৗবা ঙমখিদে।

মক্তুং অদুদা ময়ামক্কা মুংশা থিবা অমা ওইনা হোৎনরকপদা লাইব্রেম্বীনা লাইনিংবা অহল, নুঙনা থা ৫/৬ লাইনিংদনা উমং কায়ংদা লৈবা ঙপিবা অসিদি নঙগী থাউ অমম্বুং তুম্বা অসিগী মপাঙনি। ও ... পচুইদা ইবেম্মা নঙদি কাওরবোই হায়রুনা তাকপিবদগী, তুম্বা অমদি খাউ অতু থন্দুনা ময়ামক হৌরখি অহুম্মা নোংঙাল্লবদা অঙম্বশিং শা তানবা চৎনররে। লাইনিংব অহল অসিসু শগোল তোংহুনা চৎলমদাইদা হায়রমই ইবেম লাই রেম্বী; পৎৌগী রাশক কায়দনা, অমুগা নঙগী নীংবা থুংলনবা লাইনিং পরৈ চেৎলমউ ঐসু চৎলুখিগে হায়রম্মগা অশোম অহল ইঙৌবনা শা তানবা চৎখিরমই। মাগী মতৌ উবদা লাই রেম্বীনা ইঙক ঙক্কা য়েংহুনা লৈহৌই।

মতৌ অদুম্মা ইঙৌবনা খরদং চৎলগা উজাও অমগী মখোংদ চংশিন্দুনা লৈরমই। ইঙৌবনা শা তানবা লাক্লিবা ময়াম অমুদ ফাগদৌরিবা শা-শক ১০৮ অমু য়েংলগা তেন অনি কাপ্পনা শ

১০৮ অত্তুগী মমৈ অমম্তুং মনা মতৌল খর খর কক্লগা খাউ মচা অমদা হাপ্লদা উখোং অদুদা ঙারদুনা ময়াম হুল্লকপা ঙাইরমই। অসুম্না নুমিদাংবাইরম ওইরক্লবদা শাতানবশিং অদু মানা মানা ফাবা শাশিং অদু পুরদুনা মযুক মাইকৈ পাংলক্লে। মখোয়না লাকপদা ইঙৌবনা হায়রকই। লৈবাক মচা পুম্নমক শা ফাবদা ব্বাররিগনি। ঐদি ইপাঙ্গল শোল্লবনিনা শা ফবা য়াঙরবম্ম ঙমদে, চংনীংবদগী নুাইগী তুং অদুক ইল্লকপনি লও। পোথাখিসি করি করি খরা চামিন্নখিসি। ব্বা অদু ভাবদা অঙম্বশিং অত্থ নোক্লহুনা, অমনা হায়রকই অহল নহাক করি পিজগে হ য়রিবনো? অহুক য়াম্বা ঐখোয় অসিবু: এ… এ…. চামিনীংহুনা তৌবনি য়াম্না পুরকপম্ম ঙমদে'দা অত্থুনা চয়োম অসি খর খরদং চাখিসি হায়হুনা খুবাক মুক্তা পাকপা খাউ অংগা খোংবীমুক্তা চাউবা তুম্বা অইগা। পুথোক্তুনা ময়াম পুম্নমক নঙগী নঙগী চাকলুক পায়রো চাক এক্লাং হাপ্লগে; মাগী মতৌ অসি উবদা ময়াম অত্থ খুবাক খুত্থুনা নোকখিরমই।

করম্লো অহল মওই অসিগা ওম্লোক্লা ঙাওপ্রেদা, খাউ অসিদা হাপ্লা চাক্লা কনাগী চখোম ফাগদোরিবা? অদুগা তুম্বা অসি হানবা ঈশিংনা কনাগী য়াউম ফাগদোম্নিবা? অমা অনিদা কৌবম্ম নত্তনা ওম্লোকইদা! ময়াম অদুনা মাগী মতৌদুম য়েংলসি হায়দুনা থাঙ্গা হেকলুদুনা অমমম পায়রগা পরেং শানা কম্নমই। অহল শাবা ইঙৌবনা মাগী খাউ মম্নুংদগী চাক কোংথোক্তুনা য়েল্লকই। য়েনশাং মথেল হাপ্লকই। ময়াম পুম্নমক ঙক্লরকই।

লাইগী মংতৌবু, কনানা ঙমগনি ; খুবাকমুক্তা পাকপা খাউ অহুগী মনুংদগী তাইবং মখোয় মখোয়না চানীং চানীংবা ইখল মথেল অৱাংপা লৈতনা হাপ্তুনা পীজরমই। খোংবীমুক্তা চাউবা তুম্বা অহুগী মনুংদগী হৈথরকপা ঈশিং অঙকপনি। ময়াম অহু চামনখিহুনা লেংবা লাকপা ঙম্মখিদে। অহুম্মা চা-থকপা লোইরহুনা শা-শিং অহু পুরহুনা ময়মদা হুম্মখিরমই।

নোংঙাল্লগা শা অহু নিংথৌদা কৎনখি। ইঙৌবনা নিংথৌ ঐদি ইপাঙ্গল শোনবনিনা য়াম্মা ফাজবদি ঙমদ্রে শাশিং ১০৮ দংদি কাজরকই পুৱদি ঙমদহুনা মী নেক্লকই, অঙম্বা খরা অসিদি সনা-নাক য়োজনী হুনা পুজরকই হায়দুনা খাউ মচা অমদগী শা ১০৮ গী মমৈ-মনা উংলি, নিংথৌনা হায় অঙম্বা ! নখোয়দি শাদি মশাং শুরব্রা ? ইনিংথৌ, ননাই ঐখোয়গীসু শা মশাং শুজরে ! অহল শাবা ইঙৌবনা হায়রকই অঙম্বা পুম্মমক ! নখোয়না ফাবা শা অহুদা নিংথৌদা কৎচৌনা, নখোয়না পুবক্লিবা অসিদি ঐগী শা ঙাকনি।

বা অসি তাবদা ময়াম অহুনা তাথীহুনা অহল অহুগা খংনরমই। নিংথৌনা ঙাইখো অঙম্বা পুম্মমক তপথখো ? নখোয়দি করি থুদম থমখি ননাই ঐখোয়দি অসিগুম্বা নমথাক অসি লাক্কনি খঙদবদগী থোইদোকপা থমজহৌদ্রে। অহল নহাক্কীদি করি থমখি ? করম্মা নঙগী শানি হায়ব্রিবনো। হে নিংথৌ সনা মিৎ য় তাবীগনি ঐনা ফাবা শাদি মমৈ-মনা য়াঙরমলে ই। অহুদি য়েংলো। ময়াম্মক্তা য়েংবদা মমৈ-মনা, য়াঙরমদে।

মঙৌ অস্থুম্না শা হাকথেংন্নবা ফাবা মীনা মনা কংদনা মমৈ-মনা ককপা মীনা মনা লৌথিরমই। মতুং অদুদা মচু মমেল চানবরা য়েংসি হায়দুনা য়েংলুবদা শা ১০৮ মক মমৈ-মনা শৌজিনখিদুনা ময়াই কাংনা খোং-লাওনা মানা মানা লৈরম্বা মফম অদু তাম্না চেনখি হায়বদগী মফম অদুবু "শাথোক-শায়ান পুং" কৌখিরমই।

ইঙৌবা লাই অসিনা মহাক্কী অশেংবা শকথোং তাইবংবু পুমহৎপগী মশক ওইবা অহুবু নিংথৌনচিংবা লৈবাক মীয়াম পুন্নমক্না উংলক্লে মদু উবদা মীপুম খুদিংমক্না খুরুমরকই। নিংথৌনা ময়োমবু কচ্চখি। ইঙৌবনা হায়রকই হে নিংথৌ, লৈবাক্কী অঙম্বা পুন্নমক্না শাওরিবা অসি অচুম্বনি, অদুবু শাও দনবা থেমজিন্নু। নিংথৌ নঙনদি শা ১০৮বু কনাগুম্বা অমনা ফারবদি নমোম অসি পীগনি হায়না লাউথোকক্লে! কনাগুম্বা অথৌবা অমনা ফারক্লবদি হায়নখিবা লাংওন কায়বা তারে! মরম অদুদগী ঐনা নঙ ঐগী লাংওন কায়নদবা ঐনা থৌরাংলুবনি। ফরে হৌজিক্তি মখোয়গীসু মতিক চাবা মনা-মথুম পীবিখো। ঐসু হল্লগে অতুনা নহাক্কি তাইবংপান অসিদা নুংঙাই য়াইফনা পানহৌখো ঐদি তাইবং লেন্দা লৈবা মতম লোমলগে।

বা অসি তাবদা নিংথৌ অমহুং লৈবাক্কী অঙম্বা মীয়াম পুন্নমক্না হায়জরমই। মতম থরদংদদি লৈবিখো লায়জক্লবদা য়াবীরমই। কংলৈ পুংময়োম লৈবাক অসিদা শওলেন অমা শাহনা খোইয়ুম ইঙৌবা শৌবল লাইরগী অনিমক লৈরমই

অসুম্বা ইঙোবন্যা পুন্নাগী ময়েক শেমদনা ইবা-পাবা ওম্বা তাই-বংশিংদা তাকপি তম্বীবা, থোরম অপুম্বব থোৎলবা হায়দনা মথল মখা অয়াম্বা মপুগী মঙাল, লাইনীং-সাইশোল, লাইবা-তিনবা, হিদাক, মন্ত্র অপুম্বা তম্বীদনা লাইঙাক তিনঙাক্লবব নীংথিনা তম্বীদনা খঙহল্লম্লগা নোংপোক লৈহৌচিংদা লৈদনা লাইরেম্বীগা লোয়ন্ননা মফম খুদিং চত্তনা কোয়না লাংওন কয়ামুব শাম্লরম্লগা থুপথিরমই ।

---

# তন্নানিপানগুবা পন্দুপ

**তাইবং খুন্দা অহানবা লাংওন চারি শমথবা ।**

হয়াহে খোয়গুম লাইনিংথৌ। অত্নাং কৌব্রু অমুপ্পা-লাংওন খুঙ্গা অহানবনা কৌব্রু লৈমা পাংত্থনা চহি মুংশাংননা পাল্লমই। মতুং অতুদা মচা লোযারাকপা, তোলেন থোম্বা, পাম্থোইবী মোইরাং পানফবী অহুম অসি পোক্কনা মুংঙাই য়াইফনা লৈরমী। পাম্থোইবী অসি মমুং মতম চারক্লবদা নোংবান পোম্বী লুরাংবদা অওং অউন তমত্থনা লুহোংলমই। পোম্বী লুরাংবা হায়বা অসি ইঙোবা লাইগী লাংওন শাম্লবনি, লৈমা তম্নিংমু কৌবিনা মচা শক্কনা মাবু য়োকই। ইবেম্মা পাম্থোইবী অসিনা লুহোংলকপা মুমিৎ অহু-মক্তদগী হৌত্থনা ময়ুমদা নোংমতা লৈরমদে। মহাক্কা চীংয়া-তময়া কোয়না চত্তনা লাংওন লিলা মথল মখা অয়াম্বা শাম্লত্থনা লৈখিরমই।

মপুক্কিং নুংঙাইরক্লনা, মিক্কক হাইদোক্কনা য়ংকই। মখুং তিংথোক্কনা পাহ্মোইবীগী খুজেং পায়গে হেক লামলকপদা ইবে মা অসিনা মমায় লৈফুনা কল্লা (য়াংনা) চীংয়ারোমদা চেল্লকই। লুৱাংবস্থ ফাগে হায়ম্বনা কম্মা তাল্লরকই। অত্তম্মা তাঞ্জরকপদা পাম্মোইবীনা হায়রকই।

ঐগী লাংওন কাযগ্রে নঙগী লৌনম থৌরাংনা
নঙগা ঐগা লৈমিল্লবা ওসিমথৈ শেংরবনি
নয়ুম মায়কৈ পাংগ্রো ঐবু অমুক তাল্লরুম্ন

অহুম্মা হায়রম্লগা শজি ওন্দুনা চেল্লরুমই। পোম্বী লুবাংবনা হায়রকই :—

নুরা নঙবু ঙাইথোদা রাখল পরৈ হনগনু
নঙগী লাংওন নংতোপে মাঞ্জ ঐনা য়েংবান
লাংওন লিচৎ কয়গ্র ঐনা নংতৌ য়েংবদা
নুরা রাম্নৌরবোইনা।

অসি হায়না পাম্বা কৈ ওন্দুনা তাল্লরকই।

নুজা পাঙ্গল শোনবীনি ভম্বা নরমচং ওইবনা
ঐবু ফংগে তেমশিংবা ঐবু ফংবা ঙম্নরোই
নরান য়াইদা ওল্লগা রাখল লিখুন খিত্তুনা
'নৌবা য়ুম্মলেপ ভমলুরা।

অসিনচিংবা হায়না চেংকপনা মপাগী চিংখোং য়ৌরক্লবদা লুরাংবনা ফাগদবগী নকশিল্লকই। পাম্মোইবীনা শাউহুনা মাঞ্জা লুবাংবা ঐ নঙগী নফমদা লাম্দ, নঙগী সেবা কায়দে, ঐনা নঙগী নফমদ

লান্দবা মক্তনা অশেংবা ওইরবদি, কে ওন্দুনা ইপাগী নোংখোং (চিংখোং) কোইনা শংনা অহুম্মক লৈজরে। হয়েং তুংগী লাংওন ফাওবদা মী ওন্নগনু, হায়ন চৈবয়গা মপাগী মনাক্তা চেনশিন্দুনা লৈখিরমই।

অতুগী তুংদা মচাগী মপাউ ও বদগী মরম পুন্নমক খণ্ডলবদা হায়রকই ইপাগী ইমোম ইবেমা নঙনা তৌরিবা, মতৌসিদি চুমদবা মতৌনি, নঙগী মরমগীদমক মীগী নচা মরাল লৈতবা অমবু কৈ ওলহন্দুনা ঐগী নো খোং শংহন্নে। ইচা-মীচা য়োংলৈ মিরৈ নাইবা মরমস্থ ইহাকথক্তগী হৌদোক্তুনা তুংগী লাংওন খুদিং! মুমিং থানা মুত্রিঙৈ তাইবংপান্না কাওগ্ররোই। ইপাগী ইনাক অসিদগী ননীংতয়া চংগ্রো ইপাগী নাক্তা লৈরন্নু। বা অসি তাবদা পাস্তাইবী মপাগী মনাক্তা লৈবা য়াপ্রতুনা, নোংপোক পাংনা চংখিহনা মমিং "নোংপোক লোইরাং পাস্তাইবী" হায়না কৌহনা হয়া চক্কী মহুং চুনা লাংওন শান্নহনা, লাইচং লাইমিং লিংহনা লৈখিরমই।

---

# তরাখাপলগুবা পন্দুপ

## খণাই নুংজেং পিবাগী ঈন্না লাইরেনশিদববু উন্না

রামগী মনাই হনুমান্না লক্ষ্মন কম্নবগীদমক মুনিং ফাবা মতমনি। মতম অসিদা কংলৈ পুংময়োন্দা লোকলৌ থামেন লোকপ, নোংজন লোন অথুবা কৌবনা চিংজারাই লৈনা

পাংজনা মনিংতম্বা নিংথৌ ওইহনা হুংশাংনা পাল্লমই। নিংথৌ অসিগী মনাই অচানবা "খুাই সুংজেং পিবা হাওজোংচা" কৌবা নিপা অমা লৈরমই। মহাক অসি পিন্নাই পান্নাইদে, থোইব্র অশিবা লাইগী লাইবে লাথুপনা চক অসিগী লাংওন লাইচংথমগে পাবনি। সুংজেং পাং মপান্দা হুম শাত্নুনা অন্নংবগী অরোইব থাক্রা লেপ্পনা বানা লৈরমই। কুরুম থাবী লোক্কো লৈব লাই তাইবং ওইরবা "খোংখোং পুথোকপা" কৌবনা মচা কারন লন্নুবা পে ক্লমই।

কারন লন্নুবনা "হাওসি পুস্থাং খৈরাকপি" কৌজনা মচ নিপা কাবন কাওাকপম্বা মচাল্লুপী "হাওনু চাথবু শাকবী খুাই লাইরো লগী" কৌবীগা অনি অসি পে ওজনা মনি তম্মা, নিংথৌন শকথংবা অওগা অমা ওইনা লৈরমই। খুাই সুংজেং পিব না, খুাই লাইঙৌশ্রেখী অসি লুহোংজনা লৌরমই। ইবেম্মা অসি মুখি খুদিং ঈশাইদু পুজনা সুংজেপাং অসিদা ঈশিং শে কই! মহাক ঈশাইদু অহু মকোক্কা হেক থোক্কংপগা মুমিং খুদিং ওইনা ঈশি মনুংদগী, ইপাল্লাংদা চোংথজনা, খাগী মচু মাম্না ইলং-লংনা হে উনমই! মসি মাগী মপুক্লিংদা ডা তা চাবা ওইরবোই নিংলমই

নোংমদি মপুক্রোইবদা মসি ফাননবা জৌবিয়ু হায়রমই ইবেম্মা! লেমলৈ অদে৷ ফাবদি কানিংই, অহুক্কু ঈল অম য়াউদনদি করম্না ফাগনি। ফাবীগেবু হায়রবদি ঐ লৌজক্কা হায়জনা মপামদা লাক্লমই। মমোম্বা লাকপা উবদা ইত্রাম ইচাম্মা লাকপবু করি হায়নিংবা লৈবগে। "পাম্থৌগী অহুল ঈব

অহুবু লেম্বলে অমত্তং কানবা নোংমতা হাটজগে লাকপনি। ইবেম্মা। ঈপাগী ঈল অসিদি মীগী মযুমদা থবক য়াদে অহুম্বা মীংতাম্বা পিথোকপত্থু য়াবা নত্তে। মতম্বী লেম্বলে অহুকি অমদগী থাইটবা কানবা তৌরগে।

মপাগী ৱাহৈ তাবদা ইকাই নুংশি য়াম্না মপাগী মমাইগী খোৱকই। মচাগী খুংঙাইতবা উহনা পনেম মমাম্না "করি মতৌনো ইবুংঙো! নমোম্বা পানথোগী ঈল ঈল, লৌকনি হায়দুনা হরাও হরাও লাকচবগু ঈল হাইবা পিবা য়াদে শিদবা. মহোম কয়া থুবগে, মথয়াই খুংঙাইতনা মচানা চংশিনা অসিবু করম্না হেংলীবিবনো। ওনাথোকইদা ইবেম্মা! ইচাবু খুংশিদবদা তাম্বা থোকইকো। ঈল অসি লৈবাক অসিদা অনিশুবা লৈতবনা নমোম্বা কাগদৌরিবা লেমলৈ অদো ঐনা মশক খঙহনা লৈবাক অসিদা ঈল অসি লৈহৌনবা হৌবনি. মমা ওইবী নহাক্কা থেম নৌইনা ইচাগী মথুক শিহম্নগত্রা হায়ববু মওনহুম ঐবু মীনোক্কে। ইচাগী মনীং থুংনবা ইমোম ইচাদা পিরগে কৌশিল্লউ।

ৱা অসি তাবদা মমানা "ইমাগী লাংলন ইবেমা! পনথো নপানা কৌরি শমুই নামাই ওন্নকথো" মমাগী য়াবা তাবদা মমায় লৈশিন্দুনা য়েংলকই। মচাগী মতৌ উবদা ইপাগী ইনোম ইবেম্মা ইচাবু ৱারোৌরবোইনা, থিংঙোল মতম্বী নপোংনি ইপানা মতৌ য়েংবনি, মপোং নরম লৌরখো ইপানা খুংশিন্নরমগে। পনথোকী মপাউ তাবদা থরাই থোঙ্গাল ৱাংদগী খোংকাপ মাহৈ তুংহন্না মপাগী নাক্তা চঙজরকই।

## অশঙ্বা কংলৈপাকী পুন্সারী

থুদক অদুদা মপানা ঈল লৌথোক্‌না পিবীরে অদুগা ইবেম্মা ঈল অসিনা হুনশ্রবদা থোইয়ুব লাইম্ন ওইসন্নু উপওমদনা তোক্লোই। নাথোক্‌না চৎপম্ম ওয়রোই। মতিক ময়াই শামনি, ওল্লিবা মপু অহু নত্তনদি লৌথোকপম্মু ওয়রোই অশুম্বা তাকপিরগা নম্মথাংনা য়োম্নবিরগা পীবিখি।

অদুগী তুংদা ইম্নুং ঙাম্লে তরা চাকঙল থোংলগা মশাবী মমান্ মচাগী তমলেন চয়োম লোইহনা তরা চামিম্নরে। চাবা থকপা লৌচনদ্‌না অহন ঈলবু নমদা পো, তরা চয়োম থুংনা পায়রগা থোরক্‌না পাং অহু য়োম্নক্লে। ঈলগী ঈল্লি পায়রগা লুমহনা লৈরমই। মতম অসিদা ঙা অচৌবা অহু ঈপাললাংদুনা চোংথত্‌না ঈথোল থোক্লা ওললকই। মসি হেক উবদা হিং করি ঙানো মচু অসিদি ফজত্রেদা! হন্দকমুক এললক্লবনি নাম্বোক হনবা য়াদ্রে হায়দনা ঈললী পায়রগা ঙায়দ্‌না লৈরমই। ঙ অদ্‌না ঈপাললাংদা ফাওবা মফম অহুম থোক্লা চোংদ্‌না হেব শাম্নে। থুদক অদ্‌দা থ্বাই হুংজেংবনা মপা লাক্ক্‌না অদ হনখিরমই।

শোয়ফদ্রবা ঈল অসিনা ইবুধৌ তুবী লাইরেন শিনবা, ঙ শানা য়াথে কপবু ঈলনা উপখিদ্‌না বাখল লাম্বা ফংদনা ইম্নুংবু অদ্‌দা লৈরমই। থ্বাই হুংজেংবনা ঈললী অদ্ চিংদ্‌না য়েংবদ ঙা উপগী থুদম ফংদ্‌না কংকান্দা চিংখৎলগে তৌরকই। মত অসিদা তদ্‌বী লাই অসিনা ঐবু কংকান্দা চিংখৎখিগদৌরে হায়দ্‌ন ঈল অদ্‌গী মন্নুংদা শঙন শাথেক মঙম চাঙনা চোংলকই

মতম কুইনা লীদনা থমলুরবা ওইবনা ঈললী অদু তত্না ঈন্দি ইন্নুংদা লৈহোরে। হিং করিনো ঈললী তংলেনা! অদবু লাইরেং লেখীনা হায়, মাইওইবনিনা ভা অদুগা লোয়ননা তাওখংলখিনি। হায়দনা তাওখংলকপা ভাইদনা লৈরমই।

---

# কুনশুবা পন্দুপ

## লাইরেন শিদবা ঈলনা উবা অমসুং লাইরেন শিদব-নাবা

তুবী লাইরেন শিদবা ঈলনা মশা অপুম্বা য়েশিনগ্রবদা ক'দৌবা ভমত্রদদা লৈখারোন ৭ ফাওনা লুপথরক্লনা সনা তাংবল মথক্তা হে নাহেদনা লৈরমই। লৈখারোন্দা লৈবা খোইয়ুম লাই মখৈনা লাক্লনা করি তৌরবগে হায়না হংলে! সনা হকচাংদা য়োমলিবা অসিনা করি লাইখুংলো? লাইখুং ১০৮ গী মনুংদা যাওদবা লাইনা লাইশক অমনি। তুবী শিদবা পাউখুমদে হে নাহেক্না অশাবা থাংলমই। লাই মখোয় খিবিকন্থ লৌকলুগদবা কিবদগী য়েংদনা লৈবা নত্তনা করি তৌনিংঙাই লৈরমগ্রে।

মতম অসিদা খোইয়ুম নোংপোক অচিবনা চংলক্লনা হায় করি'না? খোইয়ুম মখোয় ময়াম্না তৌরিবা অসিবু লাইনিংথৌবু করি তৌরবগে? খোইয়ুম নোংপোক অচিবা লাইনিংথৌনা তৌরিবা অসি ঐখোয় হায়রফম থগুত্রে। অহদি ঐ অদুক থৌগললগে

হায়রনা চঙলগা য়েংলমই। সনা হকচাং কুপলিবা অহ শোকউ-গদবা কিন্থনা হায়রকই। "খোইয়ুমশা লাইনিংথৌনা নাপ্পিবা অসিদি ঐখোয়না নোংদমখিবা লাইথুংগী মরক্তা য়াওখিদে। মসিদি তাইবং নমুগী মীয়ৈনি। তাইবং নমু নংনদি মখোয় ঐখোয়না কোকহনবা ঙম্মরোই! নখোয় কনা কনা তাইবং মী লোৌরুবা ঙমগনি।

বা অসি তাবদা খোইযুমশিংনা তাইবং মীবু কিবদগী মরু লুক্তনা তুম্মিন তুম্মিন লৈনরমই। মতৌ অসি উবদা খোইযুম বাংঙ তাংজেংবা খোইয়ুম বাইথৌ থম্বুবা, খোইযুম নিংথিখোম্বা অহুম অসিনা চোংথোক্তনা লৈয়াইরেন্দা চৎতুনা লাইনিংথৌবু লাইয়েংনবা তাইবং মী পুরকপা ঙম্মবা ইতিক হাম্বীযু হায়রমই। লাইয়াম্মা পুরকপা ঙমজরো হায়না য়াথং পিবিখিরমই।

---

# কুনমাথোইশুবা পন্দুপ

## খোইয়ুম লাই অহুম্মা লৈয়াইরেন্দা তাইবং মী লৌবা মাকপা।

মতুং অদুদা লাই অহুম্মা তাম্নদুনা লৈগুট অহুম খোক্কা লৈয়াইরেন (তাইবং লৈবাক) অসিদা কাওরকই। খোইযুম বাংঙ তাংজেংবনা খোরকপা মফম অদুবু "বাংঙ তাংজেংপাং" কৌই। খোইয়ুম বাইথৌ থম্বুবনা খোরকপা মফমবু "বাইথৌ থম্বুং পাং" কৌই। খোইয়ুম নিংথিখোম্বনা- খোরকপা মফমবুনা

"নিংথিখোং" হায়না খঙনরি। মফম অহুম অসিদগী থোরকপদা তাইবং মীওইবা অমত্তা ফংথিদে।

মতুং অহুদা লাই অহুম্মা মুংজেং পাত্তা ফাওখংলকই। শাই মুংজেম্মোংঙা তাওখংলকপা অইরম্বা অহু থেংনরে। শাই মুংজেংবু লাইরা মীরা হংলমই। ঐদি তাইবং মীনি। নখোয়বু ঐগী ঈলনা উপথিবা ঙা অহুরা? ঐখোয় ঙা নত্তে লাইনি। ৫... নখোয় লাইনা তাইবং লৈবাক্তা করি তৌবা লাকলিবনো? নবুধৌ তুবী লাইশিংবা অদো নাহুনা লৈরে অহুগী তাইবং মী অমত্তং থিরুচা হায়হুনা ল কলিবনি। নহাকপু কমানো? ঐবু দি নম্ম তাইবং পোনশেনবা শাই মুংজেংপিবা হায়বা অহুনি! খোইয়ুম লাইনা মারপা তাইবং মীনা লাইয়েংলগা হিংগদনি হায়বরা। লাইনা ওইদবা হায়বা হৌনদে অতৌ অতৌবত্তা হায়বনি। ওঙদি নফম অসিদা করি তৌরমলিবনো? ঐগী ঈলনা ঙা অচৌবা অমা উপথি। ঈললি তত্রুনা লুপংগ্রে, ঈল অহুনা পু না মফম অসিদা লাকথিগনি, মাংবা য়াবা ঐগী ঈল নংতে অহুনা ঙাইরমলিবনি।

অহুঙদি নঙন্দা য়া অমত্তা হায়জগে য়াবিয়দনা, নঙনা হায়বা মথৈত্ত ঐখোয়না য়াগে। করি মালো হ য়ুখু তাসিদনা খোইয়ুম অ চবনা তাইবং মীনা ইবুধৌগী লাইয়েংলবদি ভিনকোক লাইকোকনি হায়হুনা মী লৌবা লাক্লিবনি. নহাক' থরা চংগী-য়ুদনা? ঐবুদি চংগীগে হায়রবদু ঈশিং মনুং অহুদা করম্মা চংকনি? চংগীগেবু হায়রবদি ওয়বা মরমদি ঐখোয়না তৌজগনি

করম্না তৌগদৌরিবা ? ঐখোয়গী ইয়া মনুংদা উমহুনা লৈখারোন ৭ য়োনা ঐখোয়না পুজগনি। অদুবু মীনা য়াবা হৌনব্রা ? নখোয়গী নয়া মনুংদা উম্লগা ঐনা করম্না হিংগদৌরিবা ? লাইনিংথৌনা খঙদম্নু ফংতনবা অমংতা তৌজরোই অহুগা ঐখোয় অহুমম্নু মপোক মপোক খুদিংদা লইরক চন্দা ত্রিন্দবা ওইরগে অদুম্না রাশক্লখিরমই।

"থাইখুম নিংথিখোম্বগী ময়া মনুংদা উমহনা খোইখুম অনিনা লম হায়রগা লৈখারোন ৭ ফাওনা পুরক্লুনা লাইয়ামগী মমাঙদা পুথোকরকই। নোংপোক অচিবনা, নমু তাইবং! নবুথৌগী লাইনা অসে লাইশক খঙব্রা অমুক্তা য়েংউ।" খাই নুংজেংবনা য়েংবদা মাগী ঈল অহুনা য়োমশিন্দুনা লৈরম্বা অহু উরমই খোইখুম লাই হায়বা মখোয় অসিনু ঈলনা উপলবদি মতিক নঙানা শামবোইরে, খঙলেদনা হায়হুনা রাখল তৌহুনা থোরকই।

মতৌ অহুম্না তুবী লাইরেনশিদববু তাইবং খাই নুংজেংবনা লাইয়েংদুনা ফরবদা লাইরক চন্দা তিনখ। তুবী শিদবনা পোল্লদুনা মী মরক্তগী অখোইবা ওইজরো হায়না য়াথং পিরগা লাইয়েংবদা চংলিবা সনাগী কাটি, লুপাগী কাটি অমদি শেনগী কাটি লোয়ননা খাংজেৎ নমথাংনচিংবদা পিরীরকই। অহুগা লাই নখোয় অহুমদি লাইরমলেন্দা হুপ্রকলম্নু, নঙনা নঙনা পামজবা তাইবঙ লৌবা চৎপদা য়াথোকলুবা মফম অদুদা লৈদুনা পামজবা অসিগী থৌদা নোংদম ঙাক্তদুনা লৈক্লরো। নখোয় অহুম্না মাগী য়ুমদা থিনবীক্ল। অদুগা নুংজেংবা লুমাংনা তুংচৎপা লুতুংনা

ম্যাংওইবা তারোদো। তাইবংনা লৈবা লৈকু লৈরাই খুদিংদা তুবী লাংওন তৌদনা শান্নগনি হায়া মতম কুইররোই।

মতম অদদা খঙদবদগী ফিজিনা, ফিনানা হুনলুদনা তুবী খয় য়ৈদনা অনা খরাই লাই কন্নবা ওয়ুক্ লবদা, ওসি ঐগী অনাবা য়েংবদা চঙ্শিবা পোৎচং অমদি নঙগা ঐগা উন্নবগী ৱারী অসি অমাইবা-অমাইবী অদনা চিথদনা লীরবদা লাইকোকপা ওইসনু, অদদা চত্লবা তুবী লৌনম্বা অদদি লাইবক চন্দা তিন্দবা ও-বসন্নকো! অন্মা তাকপীরগা খোইয়ুম নিংথিখোম্বগী ময়ান্নুংদা উমদনা লাই অনিগা লোয়ননা মযুমদা থিনবীরকখি। লাই অহুম্মকতু মংোয়না থোরকপা মকম "ৱাঙ তাংজেংপাং" "ৱাইখো খুব্বুংপাং" অমসুং নিংথিংখোং হায়রিবা মকম অহুম, ঐখোয়না হৌজিক খঙনরিবা অসিমক্তদা অদুক লৈখি।

———

# কুননিথোইশুবা পন্দুপ

## তাইবং নমু খ্ৱাইনুংজেং পিবানা নুমিৎ কাপ্পা।

শ্যাই সুংজেংবা অসি লীরুং পায়বা তেন কাপ্পা য়াপ্পা হৈরক্লম্মই। তুবী লাইগী য়াথংনা মানা কাপ্পা তেন অসি "হ" "র" "স" অহুম্মগী মশক ওই. তেন কাপ্পা খুদিংদসু মশক অসি কাওখিদে। নোংমদি মাপী য়াঙ্গোই থোঙনেংশা তোংলদনা শা

তানবা চংলমই। নুমিৎ অত্তুগী য়াচংবা মতমদগীনা অহিং চুপ্পা শা নুমত্ত্না লৈরমই। অবাবদি অহিং অত্তু মাগী মমাংদা শা অমত্তা তুবং হেক চংখিদে। অদুম্বা লৈরকপনা ইন্নুং শোরা তৈরক্লে, কাকী লাপ্পাও চেন্দুনা নোংঙাল য়াকাইরোল শক্লকলে, মরিংগী রেনবা খোংনেম্বা খাংগুল পাবল থক্তোং নোংঙাল পুংলুপ তাক্লক্লে।

সনা খোমদোন অতোনবনা, সনা চাংদেন পোক্তগী তাইবং মালং পানববু নোংঙাল শিন্তা পিরগে হায়দুনা অঙান খিং খিং খিঙ্গারক্লে। লোইবী চাংদোন্দা হৌরিবা পামেল ময়ামগী মরক্তা লিংথোক্লকপা অমেংবা নুমিৎকী মঙল অত্তু শা নুমলিবা নুংজেংবনা উরমই। মানা খল্লি অহিং চুপ্পা শা লুম্ববু শা অমতা ফংদে অদুনা লোইবী চাংদোন্দা থোরক্লিবা, হী য়াই অসিত্তুম ফানবা হোৎনরগে খন্দুনা শগোল মথক্তা। চুপলি পায়দুনা লৈরমই। কায়বা য়াদ্রবা নুমিৎকী খোঙচং, অসুম লেখৎলকপনা কোক্কোন হেক খাল্লকগা মতম অসিমক্তদা পাই ঙুংজেংবও চুবী য়ৈথৎতুনা নোংথৌ (নোংমদোল) থক্তা হায়গৎলকলমই। থোরাং আস উবদা মালেম অঙানবনা হিং করিনো! তাংবং অসিনা তোৈরক্লিবা লাংওন অসিদি করি মরম লৈবননো? বাখল তৌদুনা য়েংই। উম মসিদি মঙং অমনিনা, খাম্বনু য়ারোইদারি। অত্তুগা ঐগী ইনাকমক য়োরক্লবদি মসি শোয়দনা শিবা তারি। মানা শিঙ্গবদি মদাইরেন লাংওন চংখোবী লনজদ্রবী লাইরেম্বী অসিনা মপুল্লি চুপ্পা কপ্পা কপ্পা লেনহৌবদো নুমিৎ ঐনা করম্বা য়েংগনি।

ফরে, খুবাই মুংজেংবগী মথৌনা অসি য়েংহুম য়েংখিগে। লৈবাক অসিগী রারীত্ব ওইহৌরসনু। . মুমিৎনা মাগা মান্নবা লাংওন অমনা মুংজেংববু লমখাংদা থৎলি। মুংজেংবনা শগোল মথক্তা তেঙ্গা থোংগনা কাপকদবগী থৌরাং তৌই। মপুক্লিংদা "হ" "র" "স" অহুম্মকপু নীংশিংহুনা লৈরিঙৈদা মুমিৎনা হায় "ঙাইখো খুবাই মুংজেংবা! নঙগী তেল অহু হুপ্তিল্লু, ঐনা নঙোন্দা করি তৌখি. ঐঙোন্দা তেন্না থারগা নঙগী করি তোংজগনি, মতুহুম হায়খো? মুমিৎনা ঐ ঙাদা কৈদৌদ, শা লুমলিবা ঐগী মিত্তা করিগী হী য়াই উহল্লি, হী-য়াই অমু লৌরগা লাইরবা কোক্কগে হায়দুনা তেন কাপ্পুনা ফাগে তৌবনি। ঐ অসে শিদ নাদয়াই পুরিবনি. নঙনা ঐঙ ন্দা তেন্না থাবা ঙম্লোই। অদুনা লমজেন্দুম তান্নসি, মতুদা নঙনা ঐবু ফাবা ঙ'বদি হী-য়াই অসি নঙোন্দা পীরগে। কৈ, তান্নসি অহুম্মা য়ানদুনা লমজেন তান্নরকই। অনিমক্তা শগোল থাবা মফমবু "শগোল থা পুঙ" (শরোঙ্গুং) হায়না মীতৈ ঐখোয়না খঙনরিবা অসিনি।

---